# Dog Bite and Treatment

## হুইনা চীকপা অমসুং মসিগী লাইয়েং

***Dr Sapam Rabei Singh***

MBBS (Cal), MD (Internal Medicine)

*Physician*

to H E the Governor of NAGALAND MANIPUR and TRIPURA

*To the living memory of my Mother who had all along been an inspiring soul in my education despite her chronic ill-health*



LIEUTENANT GOVERNOR OF MANIPUR

RAJ BHAVAN
IMPHAL

# FOREWORD

Despite the remarkable progress made by Medical Science, some diseases and afflictions continue to retain the killer' character Hydrophobia is one such affliction Unlike Cancer Cerebral Haemorrhage, etc which are yet to specifically submit to the cures evolved through researches and modern methods of treatment antidote for Hydrophobia is available Yet a large number of fatal Hydrophobia cases, due mostly to dog bite, are reported every year, particularly from the rural areas. Ignorance about the mode(s) of treatment is no doubt one of the main reasons for the rather high Hydrophobic mortality

2 In our conditions, anti-rabies vaccine will take some more time to reach every nook and corner of the vast Country Thus, dependable information about the modes of preliminary and preventive treatment of Hydrophobia needs to be made available to the common people That will at the least, allow the victims sufficient time to approach a properly equipped Treatment Centre which, in many cases, might be some distance away from the concerned village or town.

3 I am therefore happy to note that Dr Rabei Singh has appreciated the necessity of educating the people about the preventive measures and First Aid modality against Hydrophobia and, has painstakingly authored the book Dog Bite and Treatment' Written in lucid language, duly supplemented by intelligible explanations this book, I feel, should serve as a useful Hand Book for the purpose Use of the bi-lingual format is imaginative and pragmatic

4 I wish success for this endeavour of Dr Rabei Singh, and hope that he will continue to attempt similar socially useful ventures in future.

(General K V Krishna Rao,Retd)

# ACKNOWLEDGEMENTS

January 1, 1983, morning.

While camping at Raj Bhavan, Agartala and sitted in a cosy room, I jotted down the first few pages of this book. Thus began the work on the book. My aim of writing this book is to present a handy reference to the clinicians and to help the public aware of the very important global problem of dog bite and hydrophobia. To benefit a large cross-section of the population, a Manipuri version of the text is incorporated

It is my privilege to register my deepest gratitude to His Excellency, the Governor of Nagaland, Manipur and Tripura for the Foreword

Dr M S Singh has shouldered the responsibility for the Manipuri translation of the book I express my thanks and indebtedness to Dr Singh without whose help to bring out the bilingual nature of the book was almost impossible.

I desire to acknowledge my gratitude to Prof. N Tombi Singh, Fellow of Manipur University for his valuable suggestions at many stages of the preparation of the book.

My sincere thanks are due to Dr N Tombi Singh, Director and Dr L Jila Singh of Veterinary and Animal Husbandry Department of Manipur for their kind suggestions and help in writing the veterinary portion of the book.

I am grateful to Shri Bappa D Chakraborty of Calcutta for designing and printing the book-cover at Calcutta.

I acknowledge my grateful thanks to the authors and publishers of the books and periodicals under 'References' which I have consulted freely in the preparation of this book.

I express my gratitude to Dr (Mrs) Khargongkar, Director, Pasteur Institute, Shillong for her encouragement and the dosage schedule of the anti-rabies vaccine manufactured in the Institute

My sincere thanks are extended to Sarvashri Y Ibomcha Singh and Y Deven Singh for the care and accuracy with which the manuscripts in English and Manipuri respectively have been typed.

I am grateful to Manipur State Kala Akademi, Imphal for their financial help

I am, also, thankful to my wife Bijoya for her moral support and a few important suggestions.

Finally, I express my thanks to all those who have rendered both moral and material help to me in bringing out this book

Sapam Rabei Singh

ফোরৱারদ

FORLWORD

---

# Dog Bite and Treatment

হুইনা চীকপা অমসুং মসিগী লাইয়েং

# ১। ৱাহৌদোক

লাইবিক অসি হূইনা চীকপদগী তোযনা থোক্রিবা সমস্যাগী মরমদা ইবনি। মীযামগী খুদোংচানবগীদমক মণিপুরী লোনদসু হন্দাকতুনা ফোঙদোকচবি। লাইবিক অসিগী পান্দমদি মীযামদা লমজিং অমা পীবা—মকুওইনা হূইনা চীকপগী মরমদা হাকথেংননা লাইযেং পীবিবা ডোক্তরশিংদা চৎনবা যাবা লমজিং অমা পীনবা হোৎনবনি।

হৌজিক হূইনা চীকপা অমদি মসিদগী থোরকপা লাযনা ব্যাবিজগী মরমদা নীযান্না ভারত তাবা তেংগংলক্লি। ভারত হাযরবসি মপু লৈতবা হূইনা মশীং লাকঙদনা লৈবা চাউখ্রবা লৈবাক অমনি। মাদ্রাজদদা ইং ১৯৩৮–৪৪ ফাওবগী মতমদা চহীগী ওইনা মীওই ১০০০–১,৫০০ লোম ঈশিংকিবা লাযনাদগী (হাইড্রোফোবিযা) শিখি। পুণেদা লৈবা শিরম ইনষ্টিটুট অব ইণ্ডিযাদগী হন্দক্তা ফংবা পাউ অমগী মতুংইন্না চহীগী ওইনা হূইনা চীকপগী মীশিং লাক্ষ ৩০ অদুগা অঙাউবা হূইনা চীকপদগী শিবা মীশীংনা লিশিং ১৫ নি। ব্যাবিজ ('ব্যাবিদাস' গী অর্থদি 'অঙাউবা' হাযবনি) হাযবা লাযনা অসি হূই অঙাউবনা চীকপদগী ওইবদা শন্দোকই। লাযনা অসি যেলহৌবদগী তৌনা নংখইবনা মশক খঙলবা লাযনানি। মসি কাললন থাদনা খরা তোযনা থোকই। কাললন থাদা হূইশিং অসি মরক মরক্তা 'অঙাউবা' হোই হাযনা থাজনৈ। নত্তনা অসিবু 'হূইঙাউ পান্থা' হাযনা খঙনৈ।

ব্যাবিজ লৌনগনবা লাযনানি। রাফম অসি যাম্না ঙন্না ইং ১৮০৪ দা জীননেনা প্রমাণ তৌদুনা উৎখ্রবনি। মহাক্না অঙাউবা হূইগী মত্তিন্না ঙাউদবা হূইদা টিকা থাবগা লাযনা অসি মাযপাক্না শন্দোকপা ঙমখি। ইং ১৮৮১ দগী হৌনা পাষ্টরনা লাযনা অসিদগী ঙাকথোক্নবা ব্যাক্সিন অমা পুথোক্নবা চাংযং কযামকন তৌরম্মী। ইং ১৮৮৫ দা পাষ্টরনা হূই অঙাউবনা যাম্না শাথিনা চীক্লবা মপামচা অমদা চাং কক্লবা ব্যাক্সিন অমা কাপশিল্লম্মী। মপামচা অদু হিংখি—মসিনা অনৌবা হকশেল বিজ্ঞান চাউথৎলম্বীদা নীংশিং উরোং ওইখি।

# 1. Introduction

This is a small book on the common problem of dog bite. For the convenience of the general public, a Manipuri version of it is being bound together The writing of this book is an attempt to render practical guide to the people in general and to the clinicians in particular, who are directly responsible for carrying out anti-rabies treatment.

There is a growing public awareness regarding dog bite and rabies. India is a vast country where large number of stray dogs are available. In Madras alone, 1000—1500 persons died of hydrophobia annually between 1938—1944. According to a recent report from the Serum Institute of India, Pune, 3,000,000 persons were bitten by dogs and 15,000 persons died after being bitten by rabid dogs annually. Rabies ( 'rabidus' meaning 'mad' ) is a disease transmitted to man by the bite of 'mad dogs'. It has been known to mankind from very early times It is more prevalent in summer when dogs are believed to develop spells of 'madness'. These are known as 'dog days'.

Rabies is an infectious disease. This had been proved by Zinke as early as 1804 He successfully transmitted the disease from rabid to normal dogs by inoculation of saliva. Since 1881 Pasteur conducted a series of studies for development of an effective vaccine against this disease. In 1885, Pasteur administered a graded vaccine to a boy severely bitten by a rabid dog. The boy survived thereby marking a milestone in the development of modern medicine.

হ্ইনা চীকপা অমসুং মসিগী লইয়েং

লাযনা অসি বাবদোভাইবস হাযনা খঙনবা কাঙলুপতা যাউবা নোংমৈ মরু গানবা ভাইবস অমনা থোকহনবনি। ভাইবস অসি মচীন অমনা পঙই অতুগা অতোপ্পা মচীন অমনা তুমই। মসি মিলিমাইক্রোন ১৮০×৭৫ নি। লাযনা অসিনা নাগনবা, অশাবা ঈ-চেনবা শাশিং পুন্নমক্তা মহীক অসিনা শোকপা ঙম্মী। ব্যাবিজ হাযবসি যান্না কিনিংঙাই ওইবা অমসুং মহৌ-শানা শিনিংঙাই ওইবা লাযনা অমনি। মীওইবদা লাযনা অসিনবু লৈথ্রবদি হীদাক লৈত্রে, অযাম্বদা অনাবা লোইনমক শিগল্লি। লাযনা অসিগী লাইওং-লাইথেৎ অসি যাম্না শাথিনা মুংঙাইতবা পোকপা মওং ওইগল্লি।

ব্যাবিজনা নাববা শাশিংগী মতিন্দা ব্যাবিজগী ভাইবস অসি যাওই। চীকপদা অমদি খোৎপদা নত্রগনা অশোকপা উনশাদা নত্রগা অশোকপা লৈত্রিবা হবচাং মতুংগী মপ্রামদা লেকপদগীসু মহীক অসি শন্দোক্নকই। মীওইবদা ব্যাবিজগী মহীক চঙলকপসি চান্দা ৯৫ বোন্দি হুই অমদি হৌদোঙদগীনি। মসিগী মতুংদা হুইনা হেন্না মরু ওই, মবমদি মীওইবদা মহীক শন্দোকপসি যুমশাশিংগী মতুংদা হুইনা অযাম্বা নতনা ওইগল্লি।

ব্যাবিজ হাযবসি মীযামগী হবশেল শেন্নবিবা মীওইশিংদা পৃথিবী জাতি পুম্নমক্কী ওইবা মীৎযেং যাম্না চিংশিল্লিবা লাযনা অমনি। লাযনা অসি থিংননবগীদমক চপচাবা থবক-থৌরম কযা থরায হবচাং যাউনা পাযথৎপা তঙাইফদে। মতাং অসিদা শা-ষণ লাইযেংবা মীওইশিংনা মরুওইবা শরুক অমা যাগি।

## ২। শাদা তৌবা র‍্যাবিজ

### ২.১ চাউবাক্লা থন্নবা

খোম থবপা জীব খুদীংমক ব্যাবিজনা নাবা যাই। লমহুই অমদি কৈশালশিংদি লাযনা অসিনা যান্না হেন্না নাগল্লি। হুই, যুমগী হৌদোঙ অমদি শেকপীশিংসু ব্যাবিজ লাযনানা অতুম্মক নাই। শগোল, ষণ, হামেং নত্রগা ওকনচিংবা যুমশাশিংসু ব্যাবিজ লাযনানা অতুম নাবা য়াই। অয়াম্বা মতমদা ব্যাবিজনা নাববা লমহুইনা নত্রগা অতোপ্পা লমশানা চীকপদগী যুমশাশিং অসিদা মহীক চঙঙকই।

The disease is caused by a bullet-shaped virus belonging to the group known as Rhabdovirus. The virus has one blunt and another pointed ends. It is 180×75 milimicion in size. It affects all warm-blooded animals who are susceptible to this disease. Rabies is a very dreaded and usually fatal disease. Once the disease is established in man, there is no cure of it—death is the outcome in almost 100 per cent of such cases The course of the disease is usually extremely distressing

The virus of rabies is present in the salivary secretions of rabid animals. The infection is transmitted through the bites and scratches, or even through licking broken skin surfaces or intact mucous membranes About 95 per cent of human infections of rabies are derived from dog and cat Of these, dog is more important and is the usual domestic animal that transmits the disease to man

Rabies is a disease of considerable international concern to public health authorities Appropriate measures for the control of the disease need to be taken up with all seriousness Veterinarians play an important role in this regard.

## 2 Rabies in animals

### *2 1 General consideration*

All mammals are susceptible to rabies. Foxes, jackals and wolves are extremely susceptible to this disease. Dogs, domestic cats and bats are also quite susceptible to rabies. Rabies may also infect other usual domestic animals such as horse, cow, sheep, goat or pig. Often the animals are infected by the bite of rabid foxes or other wild animals.

হুইদা তৌবা ব্যাবিজ অসি মথল অনী থোক্না উবা যাই।

'শাথীবা ব্যাবিজ'—মসিনা হেন্না তৌযনা থোককনবা মথলনি। হুই অদু লক্লকুন্দ্রবসু অউ-অউবা তান্নহুনা চীকই।

'মবোন থোক্তবা ব্যাবিজ'—মসিদি পঙথবকপা মওংগী মথলনি। শা অদু কোনশিন্দুনা লৈ অদুগা মচিঞ্জাক চাবা ঙমদে। মসি মথক্কী 'শাথীবা ব্যাবিজ' গা মান্ননা মহীক অদুম চেল্লি।

হুইদা তৌবা ব্যাবিজগী ইনকিউবেশন পেরিযড (মহীক চঙখিবা নুমিত্তগী ব্যাবিজগী লাইওং উবকপা ফাওবগী মতম) অসি মহৌশানা নুমিৎ ১৫ দগী নুমিৎ ১৯ নি ফাওবগী মনুংদা ওইগল্লি। অদুবু মহৌশাদগী থোইদোকপা মতাংদদি মসি থা ৬ লোম শাংবা যাওই।

মথক্তসু পনখ্রে ব্যাবিজগী ভাইরস অসি ব্যাবিজনা নাববা শাশিংগী মতীন্দা যাওই। অচাউবনী তশেং তশেংনা লাইওং উগদবা নুমিৎ ৩। ৫ নি রাৎলিডৈদগী হুইগী মতীন্দা মহীক যাওরে (কবিগুম্বা ওতমদা, মসি চযোল অনীসু ওইবা যাই)। মতৌ অসুম তৌনা, মহীক যাওবসি শিগাদৌবা নুমিৎ 10 নিরোম রাৎলিডৈদগীনি (মসি শাংলবদসু চযাল ৩ ওইবা যাই)।

## ২.২ লাইওং খুদমশিং

ব্যাবিজগী ভাইরসনা শাহুগী ঈ অমসুং থোপ শিংলি-নাওবিশিংদা চঙঙকই অদুগা তিন, খোম, অমদি হক্কী ঈশিংদা যাওবকই। ভাইরস অসিনা থোপ হেক যৌবগা লাযনাগী লাইওংশিং উবা ফংঙকই। মথং মথং ওইনা লাইওংশিং অসি থাক অহুমদা মখা তানা হেনগৎলকই।

হৌবকপগী থাক—শা অদু শাউগল্লি, লাংতক্লে, পোৎথাফম খঙদে, মঙাল অমদি নিল থোংবদা হৈনাদে অদুগা হান্নগী (ব্যাবিজনা নাবা শানা চীকখিবা) অশোকপা মফমদা চীকপা খোৎপা তৌবা যাই।

মযাইকাবা থাক—মসি চীক্কে খোৎকে তৌবা অমদি শাবৈ হৌবগী থাক্কি। শা অদুনা পোৎ-চৈ অমদি অতোপ্পা শাশিংদা চীক্কে তৌই। মমিৎশিংহু শংত্রিক যেংহুনা লৈ; মতীন ওরো ওবো তাই, মথাথংবা খাযাত্তু লেকথৈ অদুগা মখোল হোংই।

Rabies in dogs may be manifested in two forms :

*'furious rabies'*—this is the commoner type. The dog runs amok biting without provocation.

*'dumb rabies'*—this is the paralytic form. The animal lies huddled and is unable to take its food. This is as infectious as the former.

The incubation period i. e. the time-interval from the day of infection to the appearance of the clinical features, of rabies in dogs is usually from 15 to 19 days. But in exceptional cases, it may be as long as six months.

As mentioned earlier, the rabies virus is present in the salivary secretions of rabid animals. The saliva of the dog may be infectious for 3—5 days before frank clinical signs appear ( exceptionally, it may be for 2 weeks ) The dog remains infectious for only about 10 days before their death ( exceptionally, it may be as long as three weeks ).

### 2.2 *Clinical signs*

The virus of rabies invade the blood and central nervous system of the host and is excreted in the saliva, milk and urine. The clinical signs appear as soon as the virus reaches the brain. They can progress in three main stages :

*Prodromal stage*—The animal becomes irritable, anxious, uneasy, sensitive to noise and light and may bite the original wound site.

*Excitement stage*—This is the stage of aggressiveness and fits. The animal attempts to bite objects and other animals. The eyes bear a staring expression, there may be copious salivation with the lower jaw sagging and voice changed.

হুইনা শীকপা অমসুং মশিগী লাইয়েং

পঙথবকপা থাক—মথাঙ-মথুং অমদি মশা পঙথবকই। পঙথবকপা অসি অসুম অসুম হেজিল্লকই। অদুগা মসিনা জ্ঞান মাঙদুনা রাম্বহল্লি অমসুং স্বর হোনবা ঙম্মক্তদনা শিহল্লি।

## ১.৩ শাশিংদা লাইওং-লেপ্পা

ব্যাবিজনা নাবে হায়না চীংনবা হুই নত্রগা হৌদাঙ অহু হুমিৎ ১৫ নি চুপ্পা ফাজিন্দুনা থনগনি, মবক অসি শা-ষণ লাইযংবা ডাক্তরনা চাং নাইনা যেংবগী থবক তৌবা যাই। মতম অসিদা শা অহু অনা-অমক যাওদনা হিংলবদি ব্যাবিজগী চীংনবা থাদোক্কনি। শিবা থোক্রবদি লাইওং-লেপ্পনবা শা অদুগী থোপ অহু লৌগনি।

শা অহু ব্যাবিজ নাবল্রা হায়বগী লাইওং-লেপ্পবা শা অদুগী থোপ অহুদগী ফ্লুবিসাশেন্ট অ্যান্টিবোডি টেষ্ট, হিষ্টোলোজিগী পরীক্ষা অমদি বাইওলোজিগী চাংযং পাংথোকপা যাই

# ৩। মীদা তৌবা ব্যাবিজ

## ৩.১ মহৌক চঙঙকপগী নঙ

ভারতদি মীওইবদা ব্যাবিজ শন্দোকপসি মকুওইনা 'হুই অঙাউবা'নি। হুইগী মথংদদি, যুমগী হৌদাঙনা লায়না অসি মীওইবদা শন্দোকই। কৈশাল, লমহুইনচিংবনা যাম্না নাগনবগুম্না হুই হৌদাঙদদি ব্যাবিজনা অহুক নাগন্দে। অদুনা ওইননক হুই হৌদাঙনা অনাবগী মহৌক অসি অনাবা লমশাদগী মীওইবদা শন্দোক্নবা থোং ওইনা লৈ।

মীওইবদা ব্যাবিজগী মহৌক চঙঙকপসি অযাম্বা মতমদা ব্যাবিজনা নাববা শানা চীকপদগী ওইগল্লি। নত্রগা খোত্তৎলবা উনশাদা নত্রগা যাক্নুংদা লেকপদগীসু ওইবা যাই। অশোক-অপন লৈত্রিবা উনশাদা মহৌক চঙঙকপদি ঙসি ফাওবা তাথঙবা লৈত্রি। অদুবু থাজিন্দুনা লৈবা, খুদম ওইনা শুকুংগুম্বা ব্যাবিজনা নাবা শেকপী লৈবা মফমদা মহৌক অসি হুংশিৎতা শন্দোকপগী থৌদোক লৈত্রে। যাম্না তাঙবা থৌদাক্তা ব্যাবিজনা নাবা শা চারুবদগী লায়না অসি তৌরকপা য়াই।

*Paralytic stage*— Paralysis of limbs and body sets in. It is progressive in nature And, it leads to coma and death due to respiratory failure.

The overall period from the onset of clinical signs to death rarely exceeds 10 days

*2.3 Diagnosis in animals*

(i) A dog or a cat suspected of suffering from rabies may be detained upto 15 days during which time regular examination by a veterinary surgeon may be done. If the animal survives this period in reasonable health, rabies is eliminated as a diagnosis. If death occurs, the brain of the animal is subjected to diagnostic examination.

(ii) From the brain of the animal, fluorescent antibody test ( FAT ), histological examination and biological test can be done to confirm the diagnosis of rabies in a particular animal

## 3. Rabies in man

*3.1 Mode of infection*

In India, 'mad dogs' are mainly responsible for transmission of rabies to human beings. Next to dogs, domestic cats transmit the disease to man. Dogs and cats are not as highly susceptible to rabies as foxes, jackals, wolves, etc. However, dogs and cats serve as a bridge between the infected wild animals and man in transmission of rabies to human beings.

The usual mode of infection of man with rabies is through the bite of a rabid animal or licking over broken surfaces of the skin or mucous membrane of mouth, etc. Transmission of the disease through intact skin is not known so far. Airborne transmission of the infection in confined spaces such as caves inhabited by rabid bat has been known to occur. Rarely, the disease may be introduced to man by eating rabid cattle.

ব্যাবিজ নাদনবা টিকা-থানবা হীদাক শেম্বা মীওইশিংদা ব্যাবিজ মহীক যাউবা যাওগী থোপ পাযকুবদগী লাযনা অসিগী মহীক পক্লকপা যাই। অত্তুম ওইনমক শম্ন-খোংনবদগী মী অমদগী মী অমদা মহীক অসি লোনবকপা যাম্না তাঙই। মবক মবক্তা, যেংবদা মশা ফবা মানবা হূইনা চীকপদগী ব্যাবিজ তৌরকপগী থৌদোক লৈগে।

লাইবক ফবদি, মীওইবসি ব্যাবিজ লাযনানা যাম্না নাগনবা হাযবহু ওইদে। অত্তুনা চীকখ্রবসু লোইনমক মহীক চঙগদ্দ, মহীক চঙখ্রবসু লোইনমক লাযনাসি নাগদ্দে হাযবগী প্রমাণ লৈ।

### ৩.১ ইনকিউবেশন পিরিযড

মীওইবদা মহীক চঙখিবদগী লাযনাগী লাইওং উবকপা ফাওবগী মতম অসি পাক-চাওনা থেন্নৈ। মহৌশানা চহীল ২ দগী ৮ ফাওবগী মমুংদা ওই। অত্তুবু হুমিং ৯ নিদা তেনবসু লৈ, অমবোমদা চহী ২ নত্রগা অহেনবসু মযাওই। ইনকিউবেশন পিরিযড অসি ভাইবসনা চঙখিবা মফমদগী থোপ যৌবা ফাওবগী অথাপ্পগী মথা পোল্লি। চাঙচত্তা, খোঙদা চীকপদনা হুমিং ৬০, পাম্বোমদা চীকপদনা হুমিং ৪০ অত্তুগা কোক্তা চীকপদনা হুমিং ৩০ নি। মসিগী মরমদি, ভাইবস অসিনা শিংলীগী লম্বৈলদা থোপ যৌনা লাকপসি যাম্না তম্লি, চাওবাম্না পুংদা মিলিমিটর ২.৮ দমক ওইগনি। মত্তৌ অমুম তৌনা ভাইবসনা হুংলামদা থোপ অমদি যাংলেন তম্না শিংলীগী লম্বৈলদা লাকই।

হাযবিবা মফম (সেন্ট্রল নার্ভস সিষ্টেম) অসিদগী মপাল্লোম্বদা হাযবদি সেলিভারি অমদি হকচাংগী তোংশাশিংদা শন্দোবকই। ইন-কিউবেশন পিরিযড অসি অহন্দগীদি অঙাংদনা হেন্না তেল্লি অত্তুগা হূই-হৌদোঙনা চীকপদগী লমশাশিংনা চীকপা মতাঙদনা হেন্না শাংদোকই। মবক মবক্তা, ভাইবস যাম্না যাওববা, কোক অমদি লেংবান্দা শাথিনা তোংশা শেগাযনা শোকপা মতমদদি, ভাইবস অসি ঈচেন্দা পুবক্তুনা থোপ্তা হেক্তা থুংঙবা যাওই। অসিগুম্বা মতমদদি, ইনকিউবেশন পিরিয়ড অসি যাম্না তেল্লি।

Transmission through direct contact in laboratory workers who handle rabid sheep brains for manufacture of vaccine is possible. However, person to person spread of the infection from intimate contact is extremely rare. Occasionally, there had been reports of developing rabies after being bitten by an apparently healthy dog.

Fortunately, man is not highly susceptible to rabies. Therefore, there is evidence that not all exposures lead to infection and not all those infected develop the disease.

### *3 2 Incubation period*

The time interval from the introduction of the virus to man and appearance of clinical signs of the disease varies widely. Generally, it is between 2 to 8 weeks. But, it may be as short as 9 days and as long as 2 years or more The incubation period depends on the distance the virus has to move from the point of entry to the brain. Average figures are : for bites on the leg 60 days, on the arm 40 days and on the head 30 days. This may be explained perhaps because of the fact that the virus travels very slowly along the nerve tissues towards the brain at the rate of approximately 2.8 mm per hour. Thus, the virus travels centripetally along the nerve fibres to the spinal cord and the brain. From central nervous system, the virus spreads centrifugally to salivary glands and tissues. The incubation period is shorter in children than in adults and is longer following bites from wild animals than bites from dogs and cats. Occasionally, the virus may be carried direct to the brain via blood stream from severely lacerated wounds of the head and shoulders which have been heavily infected by the virus. In such cases, the incubation period is very short.

### ৩.৩ লাইওং

লায়না অসি থংহৌ-হৌদে। অহানবা হৌবকপদা, চীকখিবা মফম অতু শোকপদা অতৈ মফমগা মান্নবক্তে। শোকপদা মান্নদবসি চীকখিবা মফমদগী থকা লামদা কাথংলকই। অনাবদা লাইহৌ তৌবকপা, ওনিংবা অমদি অকীবগী রাথল পোক্লকপা যাই। লায়না অসি মথল অনী থোক্না লাকপা যাই :—

(১) ঈশিং-কিবা লায়না : ঈশিং কিবসি মীওইবদা তৌবা ব্যাবিজগী অকন্নবা লাইওংনি। চুইদা নাবা ব্যাবিজ হাযবসি মীওইবদা নাবগনা ঈশিং-কিবা লায়না হায়না কৌই। মসিমক্তি, যোংশিন্নবা চবমগী তোংশাশিং অসি ফাজিল্লকপদগী থোকপনি। মসি যান্না অনাবা ফাওই, ঈশিং হেক উকনবগা নন্নগা ঈশিংগী ম খাল তাবদফাওবা হৌই। যান্না লাঙতক্লবকই। অউবা পোংচৈ লান্না উববই ( খুদম ওইনা থৌবি মতং অমবু লিন ওইনা উবকপা )। লমচং-শাজং হোংঙকই। অতুগা ন্নুিং খবনিগী মতুংদা মশা পঙথবকই, রাম্থবকই।

(২) মথল অসিদদি মশা পঙথবগী লাইওং উই। পঙথবকপসি থক-লোমদা হাইগংলকই। ঈশিং-চংপা, থোঙ-হাম্বা বেডা তৌবকই। স্বব হোনবা যাবক্তবা অমদি থোপলোমদা পঙথবকপদগী শি।

### ৩.৪ বিজ্ঞানগী চাংয়েংনা লাইওং-লেপ্পা

ব্যাবিজগী তাংদাংবা লাইওং-লেপ্পসি মথাগী চাংয়েংশিংসিনা পাঙ-থোকই—

(ক) কোবনিয়া টেষ্ট :

অনাবগী মথিত্তগী ( কোবনিযাদগী ) চাংয়েং তৌনবা মচাক, স্মিযাব লৌবগা ফ্লুবিসেণ্ট অ্যাণ্টিবোডি টেষ্ট তৌতুনা ব্যাবিজগী অ্যাণ্টিজেন পুথোকপা ঙম্মি।

(খ) ব্যাবিজগী ভাইবস পুথোকপা :

ভাইবস অসি তিন, থোপ অমদি যাংলেন-শিংলীদা লৈবা মহী অমদি হকচাংগী অতৈ মহীদগী পুথোকপা যাই। মসি উচিদা কাপশিল্লগা য়েংবনি, মুমিং ৭ নিরোম চঙই।

### *3.3 Clinical features*

The onset of the disease is insidious. Early symptoms are paræsthesiae in the bitten area and abnormal sensations radiating proximally from the site of bite wound. The patient may complain of fever, nausea and a sense of apprehension. The disease may develop in two forms :

(i) *Hydrophobia*—The fear of water is the most characteristic symptom occuring in man due to rabies infection. Hydrophobia is the human version of the disease known as rabies in dogs. It is caused by painful spasm of the muscles of deglutition which develop at the sight or even at the very sound of water. There may be excitements, hallucinations and abnormal behaviours And after a few days paralysis and coma supervene.

(ii) In this group, patients develop signs of ascending flacid paralysis. There will be bladder and bowel disturbances. Death results from respiratory and bulbar paralysis.

### *3.4 Laboratory diagnosis*

The diagnosis of rabies can be confirmed by the following tests .—

(a) *Cornea test*—Rabies antigen can be demonstrated from the corneal smear of the patient by fluorescent antibody test.

(b) *Isolation of rabies virus*—Rabies virus can be isolated from the specimens of saliva, CSF and other secretions. This can be done by mouse inoculation which takes about 7 days.

(গ) শিববা মতমদা থোপকী স্মিযাব অমদি শিংলীগী মচেৎ লৌরগা ( মাইক্রোসকোপ্ত ) যেংবদা নেগ্রি বোডিজ উববদি ব্যাবিজগী লাযনা শোযদ্রে। অদুবু নেগ্রি বোডিজ ফংদ্রগা ব্যাবিজ নাবমদে হাযবদি ঙমদে, মবমদি, লাযনা অসিনা শিবশিংগী মবি-থোকপগী অমদদি নেগ্রি বোডিজ অসি থোপকী স্মিযাবদসু শিংলীগী মচেৎতসু উবা ফংদে।

## ৪। হূইনা চীকপগী থৌদোক

লাইবিক অসিগী মফম অতৈদা পনখ্রে, ঐখোযগী লৈবাক অসিদা চহী থুদীংগী মীওই লিশিং ১৫ বোম ব্যাবিজনা নাহুনা শি অদুগা চহীগী ওইনা মীওই লাক্ষ ৩ লোম হূইনা চীকই। শোক ১৯৩৮ দগী ১৯৪৪ ফাওবগী মতুংদা মাদ্রাজদা চহীগী ওইনা মীওই লিশিং ১দগী ১ মখায বোম ঈশিং কিবা লাযনানা শিখি। হৌখিবা চহী থবা অসিদা কলিকতাদা ঈশিং কিবা লাযনাগী মশীং হেনগৎলক্লি। কলিকতাগী ইন্‌ফেক্‌সিযাস্‌ ডিজিজেস্‌ হোসপিটালদা মিং চন্নবা ঈশিং কিবা লাযনানা নাবা মীশিং ১৯৮০ দা ১৪৪, ১৯৮১ দা ১৬২ অদুগা ১৯৮২ দনা ১৬৬ নি হাযনা পাউ ফংই। অশিবগী চাংনা চাগদা চামনি। মসিগী মবমদি অযাম্বনা ব্যাবিজনা নাববা মপু লৈতবা হূই মশীং য়াম্না হেনগৎলকপা অসিনা ওইবা যাই। মপু লৈতবা হূইশিংনা লাযনা অসি মওং অনিদা শন্দোকই :- অহাম্বদা, মীওইবদা মখোযনা হকথেংননা চীকপা-খোংপা তৌহুনা, অনীশুবদা, মখোযনা চীকপদগী য়ুমগী হূই ঙাওবক্রুনা মপুদা লাকপা-খোংপা তৌবদগী শন্দোকই।

মনিপুরগী ইম্ফাল ডিষ্ট্রিক্ট হোসপিটাল অসিদা নোংমদা মীওই ৫/৬ হূইনা চীকপগী লাইযেংবা লাকই। মসিদগী হুমিৎ নিনিগী মতুংদা অমদি হূই অঙাওবনা চীকপনি, অদুগা মদুগী লাইযেং চখে। তশেংবদি মসিনা ষ্টেট অসিদা থোক্লিবা হূইনা চীকপা লোযনমক্কী মশীং ওইবোই। মরমদি কয়া অমা ষ্টেট অসিগী অথাপ্পা কাচিন-কোয়াদা তাদ-খঙদনা লৈরমগনি।

(c) Post-mortem examination of brain smear and histological sections may show Negri Bodies which establishes the diagnosis. However, absence of Negri Bodies does not exclude the diagnosis of rabies because 25 per cent of rabid animals do not show Negri Bodies in their brain smears and histological sections.

## 4. Incidence of dog bite

As mentioned elsewhere, 15,000 persons died of rabies in our country every year and about 3,000.000 persons were bitten by dogs annually. Between 1938—1944, in Madras 1000 to 1500 persons died of hyphobia annually. The number of hydrophobia cases in Calcutta has been on the increase in recent years. It is reported that the number of hydrophobia patients admitted in Infectious Diseases Hospital in Calcutta was 144 in 1980, 162 in 1981 and 166 in 1982. The death rate was 100 per cent. It was due to the increase in number of stray dogs, most of them were rabid Stray dogs spread the disease in two ways : one, by direct attack on human beings ; two, by passing it on to domestic dogs who in turn become violent and attack their masters.

In Manipur, about half a dozen cases of dog bite reports every day at Imphal District Hospital, Imphal for treatment and advice. Out of these at least, 1 person is beaten by a 'mad dog' almost every alternate day for which treatment is given. But this figure tends to under-estimate the actual number of cases of dog bite in the state. Because many cases might remain unreported in various remote parts of the State.

## ৫। হৌদোঙনা অমদি শা অতৈনা চীকপা

হুইগী মথঙদা, মীদা র‍্যাবিজ শন্দোকপসি যুমগী হৌদোঙনা ওইগনি। হৌদোঙনা চীকপনা হুইনা চীকপদগী হেন্না লুনা শোককনবনা লায়নাসি হুইনা চীকপদগী হৌদোঙনা চীকপদনা হেন্না থোকল্লি।

মবক মবক্তা উচিনা চীকপগী প্যাউস্নু ফংই। উচি অসি লৈমুংদা লৈবা জীব ওইবনা মীদা র‍্যাবিজ শন্দোকন্দে। অতুমওইনমক য়ুরোপ্তা চেকোশলোভাকিয়াগী কূপ্তা থিজিনবা বাঙবুনা উচিদা র‍্যাবিজগী ভাইরস মানবা ভাইরস অমা থেংনখ্রে ( সোডজা এট এল ১৯৭১ )।

উচিনা কোক্তা, ঙকশমদা চীক্লবদি, নত্রগা শাথিনা শোক্লবদি, অ্যান্টি-র‍্যাবিজ ব্যাকসিন (এঃ আবঃ বিঃ) মুমিং ৫ নি কাপকদবনি।

মবক মবক্তা কৈশালনা, লমহুইনা চীকপা য়াওই। মথোযশিং অসিস্নু মতিকচানা চেকশিনবা অমদি লায়েংবা তঙাযফদে।

## ৬। লাইয়েংবা নুংঙাইনবা মথল শায়দোকপা

হুইনা চীকপসি কবম্বা মথলগী খুচীক্তা হাযবসি থঙনবা হোৎনগদবনি। মসি তঙাযফদে। মবমদি,—কবম্বা লায়েং য়েংগদগে, সিবম অমদি ব্যাকসিন চাং কয়াম কাপকদগে হাযবসি (হুইনা) চীকপগী মথন্দুদা লৈবে। মসিগী মথক্তা, অ্যান্টি-র‍্যাবিজ ব্যাকসিন পীবদগী শিংলী পংথবকপগী খুদোংথিবা থোকপা যাওই, খুদোংথিবগী চাং অসি কাপ্পিবা হীদাকী চাং যাম্বগী মতিক হেল্লি। অমবোমদস্নু হেক চীকপগা অ্যানটি-র‍্যাবিজ ব্যাকসিন অসি কাপ্পা দবকাব ওইববদি থীম্বদনা কাপ্পা তাবনি। মসি কাপশিল্লগা র‍্যাবিজগী লাযনা অসি থোবকপা ঙমদনবা মীওই অহুগী মশাগী ঙকথোক্লবা লায়না চঙবা ঙমদবগী ফিভম ( অ্যাকটিভ ইম্যুনিটি ) অহু পুবক্লবনি। মবম অহুনা, লাইয়েংলিবা ডোক্তরনা থেংনবিবা কেস অহুগী মতুংইন্না মথল থাযদোকপদা হৈ-শিংবা দবকাব ওই।

## 5. Cat and other animal bite

Next to dog, domestic cat is usually responsible for the transmission of rabies to man. Cat bite is deeper and as such, more likely to transmit the infection to man than dog bite.

Rat bite is occasionally reported. Rat is a rodent and usually not a carrier of rabies. However, in Europe, Czechoslovakian researchers have reported the presence of rabies-like virus in rodents ( Sodja et al, 1971 ) If the rat bite is over head and neck and very severe, anti-rabies vaccine may be given for 5 days only.

From time to time there has been cases of bite by wild animals such as wolves, jackals, etc. These cases, also, need appropiate care and treatment.

## 6. Clinical Classifications

*6 1 General considerations*

Attempt should always be made to make proper classification of dog bite. This is important. Because the schedule of treatment and doses of vaccine and serum vary according to the class of bite. Moreover, the incidence of neuroparalytic accidents following administration of ARV is directly proportionate to the quantity of vaccines given. On the other hand, anti-rabies treatment should be given with the least possible delay after exposure whenever indicated. This is necessary for the individual to develop active immunity by vaccination in order to prevent the development of the disease. Therefore, while making classifications, the attending physician must use his discretions, according to the merit of the case.

হুইনা চীকপা অমসুং মসিগী লাইয়েং

মথল খায়দাকপদা মবম অতৈ খংগা চঙই। খুদম ওইনা করম্বা ফিভম্দা মীওই অদুবু হুইনা চীকখিবগে, হুইদু লক্লকুত্রা, লক্লকুদনা চীকখিত্রা, ফি নথক্তা চীকখিত্রা, ফি থোংদবা উনশাদবা, কয়াম থীনা শোকই অদুগা চীক্লগা হুইদু কবম তৌগে, মশা ফনা হিংলিত্রা, শিগ্রত্রা, হাঙোকথ্রত্রা নত্রগা থিবা ফংখিদ্রত্রা, অসিনচিংবা।

চীকপগী মফম, মশীং অমদি থীনা শোকপা শোকুবগী মওং যেংলগা হুইনা চীকপগী মথল খাযদোকনৈ। মথল অহুম শুই, মখাগী অসিনিঃ-

৬.২ অহানবা মথল

মসি থক্তিক্তা শোকপা মথল্লি। কযা খুদাংথীগল্দে। মসিদা চল্লিবদি— ক) যাম্নুং, নাতোন, অমাংথোঙ, অথিবম নত্রগা মিৎকী অশোকপা লৈত্রিবা মনুংগী কুবাংবান অসিনচিংবদা লেকপা যাউনা অতৈদা লেকপা পুম্নমক।

খ) কোক্তা, মাযদা, ভকশমদা অমদি খুৎশাশিংদা নত্তবা অতৈ মফমশিংদা শোকপদা ভাযবিবা নত্রগা হুবাংখিবদা ভাযবিবা মফমদা (হুইগী) মতিনগা হকথেংননা শম্নকুবা।

গ) কোক, মায়, ভকশম অমদি খুৎশাশিংদা নত্তবা অতৈ মফমশিংদা ঈদি থোক্তনা চীকখিবা নত্রগা খোংথিবা পুম্নমক, যেংগদবা— খোংফমদু ঈ থোক্লবদি চীকপনি হাযনা লৌগনি।

ঘ) ব্যাবিজনা নাববা শাশিংগী লুমথোক্তবা শঙোম থকউবা নত্রগা অহিংবা শদোং পাযকুবা মীওই পুম্নমক।

৬.৩ অনীশুবা মথল

মথল অসিদদি শোক্লিবা মওং অসি যাইমবপ ওইরবা। মসিদা শোয়দনমক মযাই ওইবপ্পা থাক্তি খুদোংথিবা লৈরে। মথল অসিদা মথাগীশিং অসি চল্লি ঃ—

ক) খুত্তা শোকখিবদা ভাইবিবা নত্রগা হুবাংখিবদা ভাইরিবা মফমদা লেকপা লোয়নমক।

Other factors such as, the circumstances in which a person is bitten by a dog--whether provoked or un-provoked, whether over clothings or bare skin, the extent of the wound (s) and the fate of the biting dog: healthy, living, dead, killed, mad or untraceable —all these are to be taken into consideration.

Classification of dog bite cases are usually made according to the site, number and severity of bite. There are three categories of bite. These are as follows :—

### *6 2 Class I bite*

It is 'negligible exposure' and is of minimum risk It includes—

a) All licks including those on intact mucous memberane of mouth, nose, anus, genitals or on the conjunctiva

b) Direct contact with saliva on fresh cuts or abrasious except on head, face, neck or fingers.

c) Bites or scratches, not drawing blood except on head, face, neck or finger.

*Note* —Scratches drawing blood are to be taken as bites.

d) Persons drinking unboiled milk or handling raw flesh of rabid animals.

### *6.3 Class II bite*

Here the exposure is 'moderate'. It carries definite and moderate risk. It includes—

a) Licks on fresh cuts or abrasious on fingers.

খ) উনশা মনুংফাওনা লুদবা, সেন্টিমিটব তংখাই অমদগী হেন্না শাংদবা অমদি তোংশা যৌনা শোক্তবা খুত্তা চীকখিবা অমদি খোং-তংখিবা পূন্নমক।

গ) অশোকপা মশীং ৫দগী তাবা অমদি কোক, মায, ভকশম অমমুং খুৎশাদা শোকপা নত্তবা চীকখিবা লোয়নমক।

৬.৪ অহূমশুবা মথল

মসি য়ান্না শাথিনা শোকপা মথল্লি। যান্না খুদাংথিনিংঙাই ওই। মসিদা মখাগীশিং অসি চল্লি।

ক) কোক, মায নত্রগা ভকশমদা শোকপদা ঙাইবিবা নত্রগা হুবাৎপদা ঙাইবিবা মফমদা লেকখিবা পূন্নমক।

খ) কোক, মায নত্রগা ভকশমদা চীকখিবা নত্রগা খোংতংখিবা পূন্নমক।

গ) উনশা ফাওনা শোকখিবা নত্রগা সেন্টিমিটব তংখাই অমদগী হেন্না শাংনা খুৎশাশিংদা তোংশা যৌনা চীকখিবা নত্রগা খোংতংখিবা পূন্নমক।

ঘ) মঙা নত্রগা মঙাদগী হেন্না—মাথূল লৈনা চীকখিবা পূন্নমক।

ঙ) যান্না শাথিনা হকচাংগী তোংশা যৌনা চীকখিবা পূন্নমক।

চ) লমতূই, কৈশাল ১দি অতোপ্পা শাশিংনা চীকখিবা লোয়নমক।

ছ) হূইনা চীক্লবা মতুং নুমিৎ ১৪ নিগী মনুংদা লাইয়েংহৌত্রবা অনীশুবা মথলগী অশোকপা লৈবা অনাবা লোয়নমক।

## ৭। লাইয়েং

৭.১ অশোকপা মফমগী লাইয়েং (অহানবা লাইয়েং)

শোক্লিবা মফমদু লাইয়েংবা যান্না মরু ওই। মসি যান্না থুনা অমমুং খোয়দোক্না পুক্লিং চঙনা পাঙথোক্কদবনি। মবমদি চীকইবা শাগী মতিন তৈরবা অশোকপা মফম অতুদগী র‌্যাবিজ ভাইরসনা মী অতুগী হকচাংদা চঙখিগদৌরিবনি।

b) All bites or scratches on the fingers which are not lacerated, not more than half centimetre long and have not penetrated the true skin.

c) All bites except those on head, face, neck and palm and fingers and less than five minor wounds in number.

### *6.4 Class III bite*

It is 'sever exposure'. There is grave risk. It includes—

a) Licks on fresh cuts or abrasious on the head, face, or neck.

b) All bites or scratches on the head, face or neck.

c) All lacerated bites or scratches on the fingers which are more than half centimetre long or have penetrated the true skin.

d) All bites which are five or more minor wounds in number.

e) All bites on any part of the body causing extensive laceration.

f) All jackal, wolf and other animal bites.

g) Any class II patient who has not received treatment within 14 days of receiving injury.

## 7. Treatment

### *7.1 Treatment of wounds (First Aid)*

Local treatment of wound(s) is very important. It deserves very prompt and special attention. This is because rabies virus gains entry into the host through wounds contaminated with the saliva of the biting animal.

হুইনা চীকপা অমম্ং মসিগী লাইয়েং

মরম অসিনা শোকফম অত্তদগী শাত্নগী মতিন অত্তু হেক যাবির-মথৈ লৌথোকহোবা তাবনি। মসি শোকফম অত্থু মতিকচানা চাগ-থোকহোবনা প্যাঙথোকপা ঙমই। তৌবদদি মত্ত হোৎনবদা অশোকপত্থু হেন্না শোকচিংখিদনবা চোকশিনগদবনি। মসিগী মতুংদা, অশোকপা মফমত্তুদা হাইপর-ইম্যুন এন্টি-র‍্যাবিজ সিরম হাপচিন্দুনা নত্রগা মথাদা পীবিবা পাম্নেশিং অসিগী মতেঙনা ভাইরস অত্তু মপাঙ্গল লৌথোক্ক-দবনি। অম্মুম্ন নাংথিজনা অশোকপা মফম চামথোকহোবসিনা হকচাংদা চঙখিগদবা ভাইরসকী চাং হন্থহন্দুনা ব্যাবিজ লাযনা থোক্লকপগী খুদোং-থিবা অত্থু যাম্না রাংহল্লি। হেক শোকখিবগা তৌহোবদি যাম্না হেন্না কান্নে। অত্তুম ওইনমক চামথোকপগী থবক অসি হুইনা চাকখিবা মতুং পুং ২৪ ফাওবদি অত্থুম তৌগদবনি। লাইবক থিবদি মসি অনাব-শিংনা তৌগন্দ।

৭২ চথগদবা মওং

ক) অশোকপা মফম অত্থু ঈশিংগা সাপোনগনা যাম্না হৈজিন্দুনা ভাইবস অত্থু যাবিবমথৈ চৎখিনবা শেংনা চামগদবনি। সাপন ফংদ্রবস্থু, ঈশিংদনা ওইববস্থু হৈজিনবা অমদি চামথোকপগী থবক অসি অহানবা লাইয়েং ওইনা তৌগনি।

খ) অশোকপা মফমত্থুদা মহীক-মনায শীনবা মহী, খুদম ওইনা, সাবলোন, অবাঙবা আইওডানগী টিংচর নত্রগা অ্যামোনিয়নগী মচল হাপকনি। পুং ২৪ গী মমুংদা লাকপা অহুমশুবা মথলগী অশোকপদদি অশোকপা মফমত্থু স্পিরিতনা চামথোক্লবা মতুংদা হাইপর-ইম্মুন এন্টি-র‍্যাবিকসিরম হাপকনি।

গ) হেক শোকপগা নত্রগা পুং ২৪ গী মমুংদা অশোকপা মফমত্থু ফোৎচিল্লোইদবনি। ফোৎপা তাববস্থু থুমিৎ ২/৩ গী মতুংদা ফোৎক-দবনি। মরমদি, ফোৎচিল্লবদি ভাইবসনা ইবাই লাযনা তোংশাদা লুথনা চঙখিগনি।

ঘ) অশোকপা অত্থু নাই-চাদনবা হীদাক এন্টিবাইওটিক পীগনি।

It is, therefore, essential to remove as much saliva as possible from the wound(s). This can be done by an efficient wound toilet. But care must be taken not to add extra trauma to the wound. After this, the remaining virus in the wound should be inactivated by applying hyper-immune anti-rabies serum or by other means as outlined below. Thus, effective wound toilet greatly minimises the risk of rabies by reducing the infective virus load on the host It is most effective if given soon after the exposure However. wound toilet must be done upto 24 hours after a dog bite But it is unfortunate that very few patients get it.

*7 2 Procedure*

a) Clean and flush the wound(s) with plenty of soap and water to remove as much virus as possible It soap is not available, use plenty of water alone to flush the wound(s) as first aid

b) Apply antiseptic lotion such as savlon, etc., or weak solution of Tincture Iodine or quaternary ammonium compound. In case of Class III bite reporting within 24 hours, apply hyper immune anti-rabies serum locally after cleaning with spirit.

c) Do not suture wound(s) immediately, or within 24 hours of bite. If suturing is necessary, it should be done after 48-72 hours Because by suturing wound immediately, an easy path-way may be opened for the rabies virus to get through into deeper tissues.

d) Antibiotics should be prescribed to prevent wound sepsis.

খঙজিনগদবা

১) অশোকপা মফমদা কাবর্বোলিক অ্যাসিড হৈজিন্দুনা চাক-থেকহনবগী থবক হৌজিক্তি চৎনজে; মবমদি—

ক) অহানবা— মতুদগী থোবকপা ফজদবা দাগ অদু য়েংবা মুং-ঙাইতে।

খ) অনীশুবা— মতুদা শিবা তোংশাশিংদু ভাইবসগী বাম্নহল্লি।

২) ঈশিংগা সাপনগনা অশোকপা মফম চামথোকপসি র‍্যাবিজ থিংনবগী যাম্না মরু ওই মবমদি সাপন্না ভাইবস অদু মতিকচানা মাঙ-হনবা ঙমই।

## ৭.৩ টেট্যানস তোদনবা হোৎনবা

মসি হূইনা চীকপগী অশোকপগী মতুংইন্না লেপ্পি' টেট্যানস তোবকপা যাবা অশোকপা, হাযবদি, শক যৌনা শোকপা নত্রগা তোংশা শেগায়রবা অশোকপনচিংবদদি অ্যান্টি-টেট্যানস-সিরম (এঃটিঃএসঃ) অমদি টেট্যানস টোকসোইড কাপ্পা তঙাযফদে। নত্রবদি এঃটিঃএসঃ অসি রুটিন ওইনা পীদবাইদবনি।

মী অদু হান্ননা টেট্যানস চঙদনবা হীদাক লাংথক পীখ্রবা ওইর-বদি, টোকসোইডকী বুষ্টর ডোস অমত্তমক পীবগা যাবে। নত্রবদি, এঃটিঃএসঃ অমদি টোকসোইড পীগদবনি। টোকসোইড অসি যামত্র-বদা ডোস অনীবক চযোল মরী কান্নবগা পীগনি।

হান্ননা ত্রিপল অ্যান্টিজেন কাপথিদ্রিবা চহী ৫ ফাওবগী অঙাং-শিংদদি টোকসোইডকী মহুত্তা ত্রিপল অ্যান্টিজেন ওইনা কাপকদবনি।

## ৭.৪ লাইযেংবগী থৌওং পরেং

অশোকপগী মথলগী মতুংইন্না অ্যান্টি র‍্যাবিজ ব্যাক্সিন অসি থংন-থংননা নুমিৎ ৭ নিদগী ১৪ ফাউবা কাপ্পনা লাইযেংবগী চথগদবা থৌরম অমনি। মসিগী মতুংদা বুষ্টর ডোস ওইনা ব্যাক্সিন অসি পীগদবনি।

*Note*

**1. Cauterisation with concentrated carbolic acid is now-a-days better avoided for two reasons—**

i) It causes formation of bad scars which is undersiable from cosmetic point of view.

ii) It produces necrotic tissue thereby encouraging the virus to grow faster.

2. Washing with soap and water is very important in the prevention of rabies as soap destroys the virus effectively.

## *7.3 Tetanus prophylaxis*

This is to be decided according to the merit of the particular case of dog bite. If it is a tetanus-prone wound such as bone deep, lacerated, etc., the administration of Inj. A T.S. and Tetanus Toxoid should be actively considered. Otherwise, Inj. A.T.S. should not be given as a routine in all cases.

If the patient is already actively immunised against tetanus, only a booster dose of tetanus toxoid is all that is needed. If the patient is not immunised against tetanus, administration of Inj. A.T.S. and tetanus toxold ( T.T. ) for active immunisation must be considered. T.T. should be given at least in two doses at an interval of 4 weeks.

In case of children within 5 years who had not been given Triple Antigen before, a couse of Triple Antigen may be given in place of T.T.

## *7.4 Course of Treatment*

**Depending upon the class of treatment, 7 to 14 injections of anti-rabies vaccine given on consecutive days make one course. Booster inoculations of the vaccine should also be administered.**

হূইনা চীকপা অমসুং মসিগী লাইয়েং

হকচাংগী সিরমদা অ্যাণ্টি-বোডিজ মতিকচানা থোকহনবা অমাদি লৈহনবা দরকার ওই। অ্যাণ্টি-র‍্যাবিজ সিরম কংলবদি ব্যাক্সিনগা লোয়নননা পীগদবনি। হূইনা চীকখ্রবা মতুংদা র‍্যাবিজ তৌরক্কনবা চপচাবা লাইয়েংদি সিরম অমদি ব্যাক্সিন পূন্না পীবসিনি।

### ৭.৫ পীগদবা মতম

চীকখ্রবা মতুংদা যাগ্রিবমখৈ ঙন্না ব্যাক্সিন অসি কাপকদবনি। অহুমওইনমক, ফনা যাম্না মতম হৌখ্রবসু পীদনদি তোক্লোইদবনি।

### ৭.৬ পীবা য়াদবা মতাং

দরকারবু লৈববদি অপীকপা অঙাং অমদি হৌগৎ-কাঙখৎ ঙমদ্রবা অনাবদসু ব্যাক্সিন কাপ্পা য়াই। কুম-থা য়ামশিল্লক্লবা মীরোনবীদসু কৈফগলগী মঙুংথংবা নাকন্দা খুদোংথিনিংঙাই লৈতনা পীবা য়াই।

### ৭.৭ অথন্নবা মতাং

ভশেংনা লাইয়েংঙকপদা পঙনা থোক্কবা থোইদোকপা কয়া থেংনৈ। অসিগুম্বা মতাংদদি লাইবেংবগী থৌওং-পরেং অসি থরমখৈ ফজনা থঙবা তারকই। খুদম ওইনা রারী রাথোং ফজনা থঙবা ঙমদবা, নৌরিবা অঙাংশিংদা চীক্লবা ( চীকপাকান্দা হূই অহুম্মু মশা ফবগী মওং উবা ) মতাংদদি লাইয়েংবগী থৌওং পবেং থরা শেমদোক্কনি। খুদম ওইনা মফমদু চামথোক্কনি অহুগা সিবম ডোস অমথক্তং পীগনি নত্রগা ব্যাক্সিন মুমিং ঙনিদং কাপকনি। হূই অহুনা মুমিং ১০ নি মশা ফনা হিংলবদি মথান্তাবা ব্যাকশিন অমুক দরকার লৈত্রে।

It is essential to ensure the production and maintenance of high level of serum neutralising anti-bodies in the body. If anti-rabies serum is available, it should, also, be given along with the vaccine. Combined serum-vaccine treatment is the best specific treatment available for post-exposure prophylaxis of rabies in man.

### 7.5 *When to give ?*

Anti-rabies vaccine should be started as early as possible after the exposure. However, it should not be denied to any person whatever may be the time interval between the exposure and the reporting.

### 7.6 *Contra-indications*

ARV can be given to infants and bed-ridden patients, if indicated. Pregnancy is no contra-indication. It can safely be administered in advanced cases of pregnancy in the inner aspect of thighs.

### 7.7 *Special situations*

In real practice, we are often confronted with special situations. In such circumstances, certain modifications of the procedures of treatment and dose schedule may be warranted. Such special situations include exposure of young children cases where a reliable history is not available, even though the animal is considered healthy at the time of exposure. Under such circumstances, a modified schedule of treatment should be given immediately. For example, local treatment plus a single dose of serum or three daily doses of vaccine may by given. If the animal stays healthy for 10 days following exposure, no further vaccine is needed.

৭.৮ এঃ আবঃ বিঃগী চাং

মহৌশানা, চীকপ্রবা মতুংদা ব্যাক্সিন কাপ্পগী চাং অমদি মশিংগী চপচাবা অকক্লবা লৈতে। ডোস অমদা ব্যাক্সিনগী চাং করা য়াওগনি, অদুগা ডোস কযাবক কাপকদগে হায়বসি মতাং মতাংগী মথা পোল্লি। শোককম অমদি অশোকপগী মওং মতুংস্থু ইল্লি।

মীওই অদুগী ফিভমগী মথাস্থু পোল্লি। খ্বাইদগী ফবদি হীদাক শুংলিবা কাংবুশিংগী অতাকপা মতুংইন্না চৎপ্নহুনি। মসিগী মতাংদা ৱাল্ড হেলথ ওর্গানাইজেসননা অপাম্বা হীদাক্কী চাং পী অদুগা মসিদা রিসার্চ ইনষ্টিট্যিড, কসোলিনা খবা শেমদোক্লে। মতুনা য়ুম্ফম ওইবগা পাষ্টর ইনষ্টীট্যিড শিল্লোংনা য়াওগী থোপ্তুগী শেম্বা এন্টি-ব্যাবিজ ব্যাক্সিন শিজিন্নবগী চাং অসি মথাগী অমুন্না শেমদোক্লে।

অহানবা মখন্দাঃ এঃ আবঃ বিঃ মিলিলিটর ২ উনশা মখাদা হুমিং খুদিংগী হুমিং ৭নি চুপ্না কাপ্পা (চহীগী মতুংইন্না অহোংবা লৈতে)।

অনীশুবা মখন্দাঃ অঙাংদা এঃ আরঃ বি মিলিলিটর ২ উনশা মখাদা হুমিং খুদিংগী, হুমিং ১৪ নি চুপ্না কাপ্পা।

অহন্দা—এঃ আবঃ বিঃ মিলিলিটর ৫ উনশা মখাদা হুমিং খুদিংগী ১৪ নি চুপ্না কাপ্পা।

বুষ্টর ডোজ—চাং চপ মান্নবা এঃ আবঃ বিঃ ডোস অমা ১৪ নি কাপ্পগী মতুংদা চযাল অহুম লৈবগা নত্রগা মতুংদা কাপকনি।

অহুমশুবা মখন্দাঃ অঙাংদা এঃ আবঃ বিঃ মিলিলিটর ৫ উনশা মখাদা হুমিং খুদিংগী, হুমিং ১৪ নি চুপ্না কাপ্পা। অহন্দা এঃ আবঃ বিঃ মিলিলিটর ১০ উনশা মখাদা হুমিং খুদিংগী হুমিং ১৪ নি চুপ্না কাপ্পা। বুষ্টর ডোস চাং চপমান্নবা এঃ আবঃ বিঃ ডোস অনীবক পীগনি।

অহানবা বুষ্টর ডোস ব্যাক্সিন ১৪ বক কাপপ্রবা মতুং চয়োল অমা লৈবগা পীগনি।

অনীশুবা বুষ্টর ডোস অহানবা বুষ্টর ডোসগী মতুং চযোল অনী লৈরগা নত্রগা মতুংদা কাপকনি।

### *7.8 Dosage of anti-rabies vaccine*

Generally, there is no set recommended dosage schedule for post-exposure vaccination. The volume of vaccine per dose and the number of doses recommended in a given situation is variable. It depends on the nature and site of injuries. It also depends on the circumstances of the individual patient. The best is to follow the instructions given by the manufacturers. In this regard, WHO has given their recommendations and Central Research Institute, Kasauli, commented on it. On the basis of that, the Pasteur Institute, Shillong has suitably modified the dosage schedule of sheep brain anti-rabies vaccine as follows.

*Class I* 2 ml of ARV sub-cutaneously daily for 7 days, irrespective of age.

*Class II* Children—2 ml of ARV sub-cutaneously daily for 14 days.

Adult—5 ml of ARV sub-cutaneously daily for 14 days.

*Booster dose* One booster dose of same quantity of ARV should be given 3 weeks or later after 14 injections.

*Class III* Children—5 ml of ARV sub-cutaneously daily for 14 days. Adult-10 ml of ARV sub-cutaneonsly daily for 14 days.

*Booster dose* Two booster doses of the same quantity of ARV are to be given.

1st booster dose- One week after the completion of 14 injections.

2nd booster dose—2 weeks or later after the first booster dose.

